মী অদু। শ্রীগুরুনা সংস্কার ১০ তৌদুনা শেংদোকপিগনি। মাদুম্মা মথল ১০ পোকনা শেংবিবা অদুবু ভেক পৌবা-কৌই, মাদুদি—

উপবাসো মুণ্ডনং চ তীর্থস্নানবিধিস্তথা।
মালাধৃতিঃ পুণ্ড্রমুদ্রাধারণং নামকল্পনং।৩।
মন্ত্রদানং চ কৌপীনধারণং কৃষ্ণপূজনং।
সর্ব্বার্পণং মুকুন্দায় সংস্কারা দশকীর্ত্তিতাঃ॥৪॥

১ চরা হেনবা। ২ শম কোকপা। ৩ তীর্থস্নান তৌবা। ৪ মালা ধারণ। ৫ পুণ্ড্রমুদ্রাধারণ। ৬ নামকল্পন—মিংপোনবা। ৭ মন্ত্রদান। ৮ কৌপীন ধারণ। ৯ কৃষ্ণপূজা। ১০ আত্মসমর্পণ—তরা অসি শ্রীগুরুন শিনবাদা তৌবিবগী দশবিধসংস্কার অমসু ১০ অদু শ্রীগুরুদগী লৌবগী ভেক লৌবা কৌই। মাদুগী মথং ২ দি মাদুম্মা তৌগনি :—

## ১। উপবাস অমসু ২। মুণ্ডন—

“আজ্ঞাং শ্রীমদ্গুরোঃ পাদাদ্ গৃহীত্বোপবসেন্নৃপঃ।
পূর্ব্বস্মিন্ দিবসে ভূমৌ সুপ্যান্নিয়মমাস্থিতঃ।৩।
ততঃ প্রাতর্বিধায়াত্মশুদ্ধিং মুণ্ডনমাচরেৎ
কক্ষোপস্থশিখাবর্জ্জং মুণ্ডনং তত্র সম্মতং।৬॥

শ্রীগুরুনা নং ভেক কংলো অমুম্মা তাকপীরবদা অহিং অদু চরা হেন্দুনা লৈপাক্তা হিপকনি, নোংঙাল্লগা দন্তধাবননাচিংবা লৌচত্রিয়া তৌরগা শম কোক্কনি, মাদুদা কৌইনে, শিখানে অমসু ফিগুম্বা শমনে অদুম অসিদি কোকপা যাদে।

## ৩। তীর্থস্নান—

তত্তীর্থেষু চ স্নায়াৎ পঞ্চগব্যেন মৃৎস্নয়া।
তুষ্ণীঃ স্নায়াৎ পঞ্চগব্যৈরশ্বক্রান্তেতি মৃৎস্নয়া॥

অদুগীতুংদা তীর্থজলদা স্নান তৌগনি. পঞ্চগব্য হাইবা — দধি, দুগ্ধ, ঘৃত, গোমূত্র, গোময় মপুনা তিন্দুনা হকচাং অ মুত্থা শেংদোক্কনি, অশেংবা মৃত্তিকা হকচাংদা থৈতনা মন্ত্র অসি শোনগ না।

"অশ্বক্রান্তে রথক্রান্তে বিষ্ণুক্রান্তে বসুন্ধরে।
মৃত্তিকে হর মে পাপং যন্ময়া দুষ্কৃতং কৃতম্॥ ৭।

অদুগীতুংদা মি অকংবা মমা শেং, অমা ইন্দুনা অদুগী মাংদা নোল্লুরনা চংদুনা থৈগনি।

## ৪। তুলশীমালা ধারণ—

অদুগা শ্রীগুরুনা তুলশীগী মালা শিষ্যগী খোরিদা ধারণ তৌহনগনি, অদুগা মখাদা ইরিবা মন্ত্র অসি শ্রীগুরুনা হাঙ্গৈ-নগনি, মাদুদি —

"তুলশীকাষ্ঠসম্ভূতে মালে কৃষ্ণজনপ্রিয়ে।
বিভর্মি ত্বামহং কণ্ঠে কুরু মাং কৃষ্ণবল্লভং॥
যথা ত্বং বল্লভা বিষ্ণোর্নিত্যং বিষ্ণুজনপ্রিয়া।
তথা মাং কুরু দেবেশি নিত্যং বিষ্ণুজনপ্রিয়ং। ৮

মাসি শিষ্যবু হাঙ্গৈহনগনি।

## ৫। পুণ্ড্র, মুদ্রাধারণ—

অদুগীতুংদা শিষ্যগী শরীরগী মফম ১২ দা মন্ত্র হাঙ্গৈদুনা হাঙ্গৈদুনা ঊর্দ্ধপুণ্ড্র। মথক্তা চিংথৎপা শিরি অম্বু

নামমুদ্রা ( ছাপা ) না চিংবা থাগনি। মাথদি—

মাইপকতা— ১ "ওঁ কেশবায় নমঃ"

পুকতা— ২ "ওঁ নারায়নায় নমঃ"

থবাকতা— ৩ "ওঁ মাধবায় নমঃ"

খোবিদা— ৪ "ওঁ গোবিন্দায় নমঃ"

পুক এৎতা— ৫ "ওঁ বিষ্ণবে নমঃ"

পাম্বোম এৎতা— ৬ "ওঁ মধুসুদনায় নমঃ"

এৎখুংবা শাগন্দা— ৭ "ওঁ ত্রিবিক্রমায় নমঃ"

ওইথংবা পুকতা— ৮ "ওঁ বামনায় নমঃ"

ওইথংবা পাম্বোমদা— ৯ "ওঁ শ্রীধরায় নমঃ"

ওইথংবা শাগন্দা— ১০ "ওঁ হৃষীকেশায় নমঃ"

নংগন্দা— ১১ "ওঁ বাসুদেবায় নমঃ"

থুংদা— ১২ "ওঁ দামোদরায় নমঃ" হাঙ্গি-

ডুনা তিলক তৌগনি। অদুগা অরেম্বা চন্দনসিং অঙ্গৈসিংনা চাম্পোকপা "ওঁ বাসুদেবায় নমঃ" হাঙ্গিডুনা কোক্তা হাপকনি। অদুগা এৎথংবা পাম্বোম মকদা "ওঁ সুদর্শনায় নমঃ" হাঙ্গিডুনা চক্রগী চিহ্ন এক্কনি। ওইথংবা পাম্বোম মকদা "ওঁ পাঞ্চজন্যায় নমঃ" হাঙ্গিডুনা শঙ্খগী চিহ্ন এক্কনি। অদুগা খোইগী মথক্তা "ওঁ নামমুদ্রায়ৈ নমঃ" হাঙ্গিডুনা নামমুদ্রা ( ছাপা ) থাগনি মাসিগুম্না গদা-পদ্ম, স্বস্তিক চিংবস্ন ভক্তি ফংননবগীদমক ধারণ তৌনিংবা মথৌ তৌবা য়াই। মাথোই অদুবু হকচাংদা হাপ্না মন্ত্রনা ওঁ গদায়ৈ নমঃ, ওঁ পদ্মায় নমঃ, ওঁ স্বস্তিকায় নমঃ

অসুম্না মসিং ২ হাঙ্গিগনি। হাঙ্গিরিবগী চিহ্নসিং অদুগী মহুত্তা একান্তভক্তসিংগীদি নামমুদ্রাতনা নত্রগা পুণ্ড্র (শিরি) হাপকনি অসুম্না ভক্তিশাস্ত্রনা হাঙ্গি। মাগদিঃ—

কিম্বা পুণ্ড্রং তথা নামমুদ্রামাত্রং প্রযোজয়েৎ।

যত একান্তভক্তস্য তদন্যদ্ধি বিড়ম্বনম্। ৯ ॥

৮। নামকল্পনং—মিংথোনবা—

ততঃ শিষ্যস্য শিরসি ধৃত্বা স্বকরপল্লবং।

গুরুস্তদীয়নাম্নো হি প্রথমাক্ষরতাক্ষরন্। ১০ ॥

তদ্বর্ণাদি হরের্নাম চৈতন্যপদপ্রান্তকং।

পুনর্দাসপদান্তঞ্চ কৃত্বা নাম বদেৎ স্ফুটং। ১১ ॥

শ্রীগুরুনা শিষ্যগী কোক্তা খুৎ থম্লগা শিষাগী হান্না কৌরম্বা মিংগী অহৌব মযেক অদুনা হৌবা শ্রীকৃষ্ণনাম অমগী মথংদা "চৈতন্যদাস" অসুম হাঙ্গিনা অদুনা শিষ্যবু কোংনা কৌগনি, মাগদি হান্না 'দেব' কৌবম্বা শিষাগী মিংগী অহৌবা "দে" অসি লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম দেবকীনন্দন চৈতন্যদাস অসুম্না খোনগনি।

৭। কৌপীনধারণ, ডোরিকা দান—

ততো নূতনবস্ত্রেণ কৌপীনং পরিধাপয়েৎ।

গ্রন্থিং তু দক্ষিণে বদ্ধা ডোরিকায়াঃ স্বয়ং গুরুঃ। ১২ ॥

বহির্বাসস্ততো দদ্যাৎ কৌপীনাচ্ছাদনং পরং। ১২॥০ ॥

অদুগী তুংদা অহনবা ফিনা কৌপীন অমা শিষাদা পীগনি, অদুগা শ্রীগুরুমকনা খুংনা ডোরিকা পাইদুনা শিষ্যগী খাংদা পুনাকগনি. মাদুদি খাংগী এংথংবা নাকলোমদা পুনগনি॥ অদুগী তুংদা শিষ্যক

শেংলিবা কৌপীনৱ কুপাসনবা "বহির্বাস" শেংপীগনি।

৮। মন্ত্রদান—

তত্তো দদ্যান্মন্ত্ররাজং ন প্রোপ্তশ্চেদ্ যদগ্রতঃ।
অষ্টাদশাক্ষরং কিম্বা দশার্ণং বিধিপূর্ব্বকং। ১৩॥
ততো দদ্যান্মহামন্ত্রং হরেকৃষ্ণপুরঃসরম্।
হরেকৃষ্ণ হরেকৃষ্ণ কৃষ্ণকৃষ্ণ হরেহরে।
হরেরাম হরেরাম রামরাম হরেহরে॥

শ্রীগুরুনা শিষ্যদা মন্ত্ররাজ তম্বিগনি, মন্ত্ররাজ হায়িবদি— "ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা" অক্ষর হায়িবা মথেক ১৮ পুবা অসিনি। শিষ্য অমনা হায়না গুরুদগী মন্ত্র অসি লৌবম্বা থোক্লবদি "গোপীজন বল্লভায় স্বাহা" হায়িবা মথেক ১০ পুবা মন্ত্র অসি তম্বিগনি মাসিগু হায়না গুরুদগী ফংলম্বা থোক্লবদি মুথনগী মহামন্ত্রদা পীগনি, মহামন্ত্রদি—

হরেকৃষ্ণ, হরেকৃষ্ণ, কৃষ্ণকৃষ্ণ, হরেহরে
হরেরাম, হরেরাম, রামরাম, হরেহরে॥ মসি

মহামন্ত্র অসিগু হায়না লৌবা থোক্লবদি কামগায়ত্রী "ক্লীঁ কামদেবায় বিদ্মহে পুষ্পবাণায় ধীমহি তন্নোহনঙ্গঃ প্রচোদয়াৎ" হায়িবাসি পীগনি। মাদুগু হায়না লৌরক্লবদি হায়রন ম মহামন্ত্র অমু থনিরক তাইহনগনি।

৯। শ্রীকৃষ্ণপূজা—

উপচারৈঃ ষোড়শভির্দশভিঃ পঞ্চভিস্তথা।
শ্রীকৃষ্ণং পূজয়িত্বার্পণং বৈ কারয়েদ্ গুরুঃ। ১৪॥

অদুগীতুংদা অগংবা পোৎশম ধূপ, দীপ, লৈ, চন্দননাচিংবা ১৬না, ১০না নত্রগা ৫না ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণ পূজা তৌগনি। শিষ্যবু শ্রীগুরুনা আত্মসমর্পণ তৌহনগনি।

১০। আত্মসমর্পণ—

দেবস্য সন্মুখে তিষ্ঠন্ গুরুঃ শিষ্যং স্বপার্শ্বগং।
নিধায় তুলসীপত্রপুষ্পাণি চ তদঞ্জলৌ। ১৫।
দত্ত্বা দেবস্য পুরতঃ স্পষ্টাক্ষরপদং ততঃ।
একাগ্রমনসং শিষ্যং মন্ত্রবাক্যং তু পাঠয়েৎ। ১৬॥

শ্রীগুরুনা শ্রীহরিগী মাংদা লৈজনা নাক্তা শিষ্য থম্নগা শিষ্যগী খুত্তা তুলসীপত্র অমসু লৈ হাপ্তুনা পাইহনগা পুকনিং অনি লোংত্রবা শিষ্যবু মখাদা ইবিবা মন্ত্রসি হাইহনগনি, মাহুদি—

সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ।
অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ॥
ইতি প্রাভজ্জয়াকৃষ্টস্থিরবৈরাগ্যাভিশোভিতঃ।
সদাচারাদি সম্পন্নঃ শ্রীগুরো তব সন্নিধৌ॥
গোপরামাজনপ্রাণ প্রিয়সেহতি প্রভুস্তবে।
তদীয় প্রিয়দাস্যায় মাং মদায় মহংদদে॥

মন্ত্রগী অর্থ— শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা হায়রি— "ধর্ম্ম পুম্নমক খাদোক্তুনা ঐগোন্দা চংজো, ঐনা নংবু পাপ পুম্নমক্কী ঙাকপী-গনি খাংং" অসুম্না হায়খিবা প্রতিজ্ঞা অদুনা ইরাউজব অমসু ভগবানগী প্রতিজ্ঞা অদু ঐনা তৌদনা হুজিকফাউবা লৈবা অসিদা যাওহুনা বৈষ্ণবকী সদাচারসু থংদবা ঐনা হে শ্রীগুরু ইদুভোনংদা নাক্তা

"গোপরামাজনসিংগী চাম্নথোইবা, গোইদোক্না মতিকচাউবা শ্রীকৃষ্ণদা ঐবু অমস্থ ঐগী হাঙ্গীবা পুম্নমক ঐনা কৎচরে" অমম্না হাঙ্গীবগা।

"হে শ্রীকৃষ্ণ তবৈবাস্মি" হে শ্রীকৃষ্ণ ঐ নহাক্কীনি অসুম্না হরাউনা শিষ্যনা হাঙ্গীগনি, শিষ্যগী খুত্তগী তুলসী অমস্থ লৈ অদু শ্রীগুরুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা কৎকনি।

হাঙ্গীখ্রবা ১০ অসি তৌবসু বেষ (ভেক) লৌবা কৌই।

# অথ আতুরবেষঃ।

## (শিরন্নদাইদা ভেক লৌবা, পীবগী)

যথা হ্যাতুরসন্ন্যাসো গৃহ্যতেঽস্মিন্ মুমূর্ষুনা।
এবমাতুরবেষোঽপি গ্রাহ্যস্তেনাপ্তয়ে হরেঃ। ১॥
তস্মিন্ কালে তু যে সাধ্যাঃ সংস্কারাস্তান্ বিধায় বৈ।
আত্মানমর্পয়েৎ প্রাজ্ঞো গুরোরগ্রে স্ববাক্যতঃ। ২॥

সংসারদা লৈরিবা মীনা সন্ন্যাস তৌবদি ওমত্তিরৈদা শিগদোর-বদি আতুরসন্ন্যাস কৌবা সন্ন্যাস অদু তৌদুনা প্রেষামন্ত্র শোত্রি, মাগুম্না বৈষ্ণববেষ লৌবা ওমত্তিবা মীনা শিগদোরবদা আতুরবেষ অসি লৌই, মরমদি মাগুম্না বেষ ফংলগা শ্রীকৃষ্ণ ফংননবগীদমক্তি।

শিরন্নদাইদা ভেক লৌবদি, মথক্তা হাঙ্গীখ্রবা সংস্কার ১০ অদু ১ চরাহেনবা, ২ শমকোকপা, ৩ তীর্থজলদা স্নান তৌবা, ৪ মালাধারণ তৌবা, ৫ পুণ্ড্রমুদ্রা (দ্বাদশতিলক অমসু ছাপা থাবা) ৬ মিংথোনবা, ৭ মন্ত্রপীবা, ৮ কৌপীন, ডোরী, বহির্বাস

পীবা, ৯ কৃষ্ণপূজা অমসু ১০ আত্মসমর্পণ তৌবা মথগ তদা অসি তৌগনি, মী অহনা শিরগদাই ওইবনা ভমরবসু অতৈ অতৈ ভমববামথৈ শোক্লগা, চন্দন খিনবনাচিংবা অঙবামথৈ তৌদুনা কৌপীন, ডোরী, বহির্বাস পীরগা ১০ সুবা আত্মসমর্পণ অহুদি শিগদোরিবা মী অতবু হাঙ্গহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণদা মশা অহু কংকনি। নাসি শ্রীগুরুগী মাংদা শ্রীগুরুনা সাক্ষী ওইদুনা তৌগনি। করিগুম্বা শ্রীগুরু ফংদ্রগা শ্রীগুরু ওইবদা মতিকচাবা গুরু অমদা তৌগনি। গুরু অমা মাউদ্রবদি বৈষ্ণবকী সদাচার নৈতে, ভক্তি-শাস্ত্রগী বিরুদ্ধনি।

## স্ত্রীজাতি বেষ ফংলবাসিংগী বিধিনিষেধ—

স্ত্রীণামপ্যধিকারোঽস্তি বেষাশ্রয়বিধৌ সদা।

কৌপীনধৃতিবর্জ্জাস্তে সংস্কারাঃ স্মৃর্যথোচিতাঃ। ১॥

বেষলৌবা হাঙ্গবসি নুপীসু লৌবা যাই, মাখোইগীদি কৌপীন শেংপা সংস্কার অহুদি তোবোই। ১।

মৃতদেহস্য দাহং বা খননং প্লাবনং তু বা।

করোতু কশ্চিৎ পুত্রাদি ন করোতু ন তে ক্ষতিঃ। ২॥

বেষ ফংখ্রবনা সিরবদা হকচাং অহু দাহ তৌদুনা মচানচিংবনা মৈথাবা, ফুম্বা, গঙ্গানাচিংবদা থাদবা অমা তৌসনু তৌদ্রগা তৌক্লবদি শিখিবা অতগীদি করিমত্তা ক্ষতি ওইদে। ২॥

শ্রীকৃষ্ণকীর্ত্তনং বিপ্র বৈষ্ণবানাং চ ভোজনং।

বেষাশ্রিতস্য ভক্তস্য হ্যেবং স্যাদৌর্দ্ধদেহিকং। ৩॥

শিখ্রবা অতগী তৌহোগদবদি শ্রীকৃষ্ণগী নাম, গুণ, লীলাবু

